

# মালংগী মীলোক

সবিতা

# ꯃꯂꯪꯒꯤ ꯃꯤꯅꯣꯛ

# মালংগী মীনোক

সবিতা লাইময়ুম




মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন

ইম্ফাল

Malanggi Meenok
a collection of Manipuri Poems
By Laimayum Sabita Devi




Published by : Ph. Ibomcha Sharma on behalf of Manipur Library Assocition (MALA), Imphal

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | মে, ২০১১ |
| কোপী মশিং | : | ১০০০ |
| অফোঙবা | : | ফুরাইলাৎপম ইবোমচা শর্ম্মা<br>মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিএসন<br>(মালা), ইম্ফাল-গীদমক্তা ফোঙবা। |
| হক | : | অইবী |
| মখুম | : | অরিবম রাজীব শর্ম্মা |
| মমল | : | ১২৫/- |

ISBN 978-81-909699-7-0

| | | |
|---|---|---|
| নম্ফম | : | কুম্প্যুটর প্রাইড<br>বাবুপাড়া, ইম্ফাল (মণিপুর) |

কংচবা

লৈখিদ্রবা ঐবু পোকপিবম্বা পাবুং
শ্রী লাইমযুম টিঁকেশ্বর শম্মগী মফমদা

# জেনরেল সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (মালা)গী এক্তিভিস, লোইননা ইং ২০০৯-১১গী ভাইস প্রসিডেন্টসু ওইরিবী শ্রীমতি সবিতা লাইময়ুম অইবী কবি অমা ওইনা হন্দক্তা নৌনা শাফোংলকপদা হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোকই। লাইব্রেরীগী শিনফমদা চহী কয়া কথোকগা লোইননা থবক তৌবিরকপী অমদি লমদম অসিগী লাইব্রেরীগী ঈহৌদা ইচং থৌনা শরুক য়ারকপগী মথক্তা ১৯৯৮দগী হৌনা তোঙান তোঙানবা হীবম কয়া শোক্লা শৈরেং ৫০ (য়াঙখৈ)গী মথক্তা ইবিদুনা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লবা হোৎনবীরকপা কবিগী থৌনাবু থাগৎতবা ঙমদে। মে ২৪, ২০১০ — মে ২৪, ২০১১ ফাওবা মালানা 'বুক ফোর পিস এন্দ ইন্টিগ্রিটী' হায়বা হীবমসিদা লাইরিক্কী চহী পালন তৌজরকপগী মনুং চল্লা লাইবিক কয়া ফোংজনবগী থমখিবা মালাগী পান্দমবু মংফাওনহনবদা সবিতা লাইময়ুমগী 'মালংগী মীনোক' হায়না মিংথোনবা শৈরেং ৫২ য়াওবা লাইরিক অসিনসু চাওনা তেংবাংবীরে। মালানা ফোংজবা ২৫রক সুবা লাইরিক অসিনা শৈরেং লাইবিক্কী ওইনদি মঙাসুবনি। য়াওরিবা শৈরেং ৫২সিগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াদা অপাবশিংবু পুক্লিং চিংশিনবা ঙমহল্লি। লাইরিক অসিগী মগুনদি অপাবশিংনা লেপ্পীনবগীদমক মীয়ামদা খুৎশিন্নজরি।

এপ্রিল ১৮, ২০১১ ইং

সি. ঐচ. ইবোহল সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী
মালা, ইম্ফাল



# ব্রাহৈ খরদং

সবিতা লাইময়ুমগী শৈরেং শেখোম 'মালংগী মীনোক' অহানবা ওইনা পাবা ফাহনবগী নুংঙাইবা ফোংদোকচরি। য়ুপান থাত্রিবা নাউব্রা অমবু লুনা চান্না তিন্নবা মরূপলোই অমদা য়েংঙুনে ইচাসে কমদৌবগে হায়য়ু হায়দুনা মশক য়েংহনবিবগা পাংথকি। মসিগীসু মথক্তা অহানবা ফোংঙলকপা ওইবনা হেন্না নুংঙাইবা পোকহল্লি, অনৌবা মীওই অমা হেনগৎলকপগী মণিপুরগী খোরীরোলগী ইমুংদা। অপাবশিং অমদি খোরীরোলবু নুংশিজবশিংনা সবিতা অমদি মহাক্কী 'মালংগী মীনোক' তরাম্না ওকফম থোকই।

শৈরেংগী মশক মচু লেপ্পা তশেংনা লায় অমসুং লুই হায়বদুনি। অপাবা অতাবগী হায়বদি খোয়দাবশিংনা পূক্নীংদা ফাওরকপা মতুংইন্না ফজে হায়বা অমা নত্রেগা য়ৌদে হায়বা অমা হেক্তা হায়বা য়াই। মদুনি লায় হায়বদি, মরমদি মখোয়গী ব্রাথল অমদি পূক্নীং অদু নৈনরোলগী অকুপ্পা পথাপশিংনা লমজীংদুনা ফজে নৎত্রেগা ফজদে হায়হনবা তৌদে। পরেং অমা, ব্রাহৈ চবুল অমা তারুরগা পূক্নীংদা থক পালহল্লকপা, নুংফাও অমথক মঙালগুম ঙাম্মোরকপা অদুদনি ফজে হায়দনা লাউরক্লদৌরিবা অদু। অদুগা খোরীরোলগী নৈনরোয় অমগী মফমদা শৈরেং অমগী মঙল ব্রায়েন তৌরকউ হায়রুরবদি ওম্মোকপা মওং অমদা থবক চৎথরকপা য়াই। শৈরেংগী অকুপ্পা শাগৎলোন, ব্রাহৈগা ব্রাহনগা লৈনবা মরী, খোংফম তাম্বাগী মশক, হীরম অমদি হীরম অদুবু নৈনরিবা মওং, শৈরেংদুগী মওং হায়দুনা কান্নদে, মাইবীগী লাইফাও ময়াম ফাওরক্লনি।

ঐহাক ইশাগী ওইনদি মরক্তা লৈজবা তারে। শৈরেংশিং অসিগী মরমদা ব্রাহৈ খরদং হায়নবগী তাঞ্জা ফংবসিদা কলাগী হায়বদি ইচুগী নাপচৈ পায়দুনা কুপ্না ওনবগী মথৌ তাদে, মসি অচুম্বনি। ইচম-চম্না ফজবা মশকশিং, হায়নিংলিবশিং অসিনচিংবা খরা পাউদম, মদুসু তেম্তকপা পাউদম ওইনা থম্বা অসিমঙায়। শৈরেং য়াঙথৈনিথোয় য়াওবা শৈখোম অসিগী মরমদা য়াম্না কুপথনা নৈনবদি অতৈ মফমদা পাঙথোক্লসনু।

য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি পারুবদা পুক্নীংদা ফাওরকই - অশৈবনা মমালৈবাকপু নুংশিজবা, পুন্সীগী মশক থিবা, অশেংবা শক্তম পামজবা অদুগা ব্রাখলগী তম্পাক্তা ইচু কলাগী মফম থিরকপা। ময়ামসিগী খোঙচৎ অমা তত্তনা চংশিনবা অসি য়াম্না ময়েক শেংনা চোংথোক্তুনা লৈবা অশৈবগী খুৎথানি।

চৎখিগনি ঐ,
কয়া থাপনা
ব্রাখলনা পুদুনা নঙগী
পম্লেপফম খঙদ
ককঙাওনরবা তাইবঙপানসিদা।

(লীচিং অমদা, ২১)

ব্রাহং অসি মশা মতোমতনা পোকচরকপা হায়বদি হৌনবী ওইনা ইবা নত্তবা অমনি হায়না লৌবা য়াই। মরমদি অসিগুম্বা থিবা অমদি নৈনবগী ঈচেলদা পুথবা শৈরেং কয়ামুক য়াওরি। অদুগা অমুকসু 'ঐ' হায়বা মশক অসি নৈনবদা য়াম্না নুংঙাইনা থাজদনা পুথোরকপা ব্রাংউরোলগী শক্তম উবা ফংলকই।

ঐনদি খল্লুই, ঐদি ঐনি
শুপ্লতগী 'ঐ' খক্তংগী।
খঙদবদি উদবনি
উদবদি অমম্বনি
অমম্বা মরকসিদা
থিরি ঐনা ঐবু।

(খোঙচৎ,২৮/২৯)

থিরগতা তোকপা নত্তে। পাউখুম পীরকই 'ঐদি ঐগী নত্তে' (৯) মখা তারকই।

লমতাকপনি 'ঐ'
চৎখিগনি ঐগী ঐসু
থাদোকলমদুনা ঐবু

তিনখিগনি
হৌরকফম ওইবা মঙোন্দা।

(মায়ে)

মফমসিদা পীরিবা 'ঐ' অসি থব্রায়বুনি। থব্রায় অসি মতাং অসিদা হিন্দু ব্রাংউরোলগী আম্বাগা মায়ে হায়না লৌগনি। আম্বাদি/থব্রায়দি পোকপা নাইদে শিবা লৈতে। হকচাংনা ফিজোলনি, ফিজোলনা মপ্নগা অহনবা অমা হোংবতনি, অসুম্না হায়রি। মসিনা হিন্দু ব্রাংউরোলনি, মৈতৈগীসুনি। য়াইবীনা হকচাং পোলাংবু থাদোক্লপ্নগা য়াইবীরেলগী মফমদা চংজে। অদুবু চঙজবগী খোংচৎ অসি অসুক্কী মতীক লুই অমদি শাংই হায়বা অমা লৈ। মরক অসিদা থবক/কর্ম্ম হায়বসিনা খোঙচৎ অসিগী তিকেৎ ওই, মসি কক্লুবদি য়াইবীরেলগী মকাদা য়ৌরুবা মম্মোই। তিকেত কক্লবা শেল চঙই। শেল তানবা অদুনি থবক অফবা তৌ, কর্ম্ম ফৌ হায়রিবসি। অশৈবনা থবক অসি নুংদা ফুমদুনা থম্নগা 'তিনখিগনি/হৌরকফম ওইবা মঙোন্দা' অসুম্না শমজীন্না থম্বগী ব্রাফমতনি। অসিগুম্বা মখলগী শৈরেংশিং অসি য়াম্না য়াওরি। অশৈবা সবিতা থব্রায় মিরেলগী চঙজফম থিরিবা অইবীনি। মসি নত্তবা মতৈ হীরমদা ইবা মহাক্কী শৈরেংশিং অসি খঙঙমদবগী শৈরেং 'মিস্টিক্যাল পোইম' নত্রগা 'রহস্যবাদ কবিতা'গী ব্রাখল-মীৎয়েং অসিদা তাংজবগুম তৌরি।

শৈরেং অমথক থেংনৈ, মিংথোন ওইরিবনি। 'মালংগী মীনোক'। মসিদা শৈরেংদ শৈরেং মান্বা খরা থেংনৈ। শকপান্দবা ব্রাখলবু শক্লাইবা ওইনা পুথোকপা ঙম্বগী মঙলনি - এবসত্রেক্তগী কংক্রিত। অহাঙবা মায়থোং, খঙদবগী মীনোক, ইংলিশতা হায়রগা 'দম্ব স্মাইল' হায়বদুনি মালংগী মীনোক হায়রিবসি। অশৈবগী মীৎয়েংদা তাইবংপানসে অহাঙবা মীনোক্ল থনবা মীওইনা মশীং য়াম্মী, মদুগী মনুংদা 'মকশিল্লবা মাইথোং' পুবা, 'মীনুংশিনা থল্লবা মাইথোংসু' য়াওদবা নত্তে। মথোয় অসিনা মনুং মপান তূনা খনবা, মরূ য়াওবা, খঙবগী মায়কৈদা চঙশিনবা ব্রাখল অদুগী শক্তাকনি। য়েংবিয়ু —

অদুবু, নোকলি মহাকতুদি
নিংঙাইবা লৈতনা
কনাবুসু নাচুংবা তৌদনা

পাক-চাউর তাইবঙপানসিদা।

(মালংগী মীনোক, ২৬)

অহাঙবা নৎত্রগা মালংগী মীনোক হায়বসি য়ূম্পোৎতানবা তাইবংগী ‘মেতরিয়েলিস্তিক ব্রন্দ’গী ওইবা মীওইশিং অদুগীনি হায়না লৌবা যাই। হিংবা হায়বসিদা হৌজীক হৌজীক্কী ওইবা লক্ষ্ম অসিদগী হেনবা তুংগী ওইনা তানশিনগদবা লক্ষ্ম অমসু লৈরি হায়বসি খঙদবা নৎত্রগা কাউথোকখ্রবা মীওইশিং অদুগী ব্রাফম্নি। ব্রাজাও ঙাঙবা, শিকি অনাদা কুপথী নাবা, মশাগীতা খনবা, লেমথোক্তবা, পূকচেল পীকপা, চাওখত্তবা, হিংমুক কৃপ্পা - য়াম্না হায়বা য়াখ্রে। লায়না চৎপা লাইচৎ অদুবু ফদী ফরাগীদমক্তদি হাৎনবা ঙম্বা মীওইগী ব্রাখলদুবু তাকপনি।

অমরোমদা তুংগী পুসীগী, মপোক লৈব্রা? লৈরবদি লাইনা করি তৌবিবি মীওইবগীদমক্তা? করিসু তৌবিদে, অঙম্বনা অশোনববু তুহৎলী, নৈহৎলী, কনাসু থিংবা ঙমদে। থোরকই মসিদগী হিংবরোল হায়বদি ইগজিস্টেনসোলিজম। হিন্দুগী চারবাক, গ্রীক ইপিক্যুরস - অদুগা ফ্রেঞ্চ জাঁ পাল সার্ত্রখোয। মণিপুরদা ১৯৭০গী মতমগী শ্রীবীরেন, ইবোমচা, অদুগা খজীক খজীক ইবোপিশক। সবিতাগীনা মীতৈ ব্রাংউরোল - য়াইবীরেলদা চঙজফম থিবা, তুংগী মপোক্কী খনবা অসিনি। ‘মালংগী মীনোক’ নুংঙাই, ফজে।

অসিগুম্বা মখলগী শৈরেংশিং অসিদগী হাইদোকপা তপ্পা কবেম্নবগী মওংদা ইবশিংসু য়াওই। মসিদদি খূৎথা নৌরে। মরূ কাপথোকপা ব্রাৎলে। বোম পোকখায়দ্রে, নুংথং মখোল থোক্তে।

অদুবু, অব্রাবনি
মতুশোনবা প্রজা মীয়ামগীদি
লৈরি
কনা য়েংবিনবা
লাকলবদা চৈথেং য়াওলগী।

(শূমগী য়াওল, ২৫)

অমুকসু —

লৈরম্বনি মীয়াম মরক্তা
ইচম চমনা মীচম ওইনা
কোরৌ নোংজা অমদা
উম্লিখি মীয়ামনা কোকথক্তা
ইকয়াইথুম্নবগী লুহুপতো।

... ...

মখৌ পোঙলকই অঙম্বা
হাইনা হুমনা পাল্লকই
ব্রায়েল কারন লাক্লকই
তাইবঙ মপুগী শিন্থাদৈ
খোঙকাপ থৈনা চৎলকই।

(খুদি অমদা, ৭৮)

হায়ববুদি হায়বিবনি। অদুবু খঙদে খরগা হেন্না হায়হন্নীংই, তাদবা করিনোমা ব্রাৎপগুম তৌই। অশোমদা খূৎ কন্না চঙশীন্দ্রবসু য়াই। সবিতা ব্রাখলগী অশৈবা ওইনা মশক তাক্লক্লি।

অশৈবনা শৈরেংগী মরমদসু শৈরেং ইরি।

হৌজীক,
ঐ কয়াদা নুংঙাইরবা
ঙসি ঐগী কবিতানা
মথোক কারকলিবী নুজা অমগুম
তপলপ্পা খোঙথাংদা
কাইদ কাইদ খোঙদোই হুন্নকপসিদা।

(খোঙদোই হুন্নকপসিদা, ৮৪)

মৈতৈমচা অমা ওইনা মণিপুরগী মরমদা খনবা হায়বশিদি মশানা তাবনি। অশৈবগীদা য়াম্না নুংঙাইবা অমা য়াওরি, হায়নীংদু চেনা পন্দনা হায়দোকপগী –

চীংলোন মাপননা কোয়শিনবা
লমদমসিগী মীওইবা
কদোমদনো ঐখোয়গী লাইবকসে।
ওইরেদো ঙসিদি
ঈশাইফৃগী লেমলৈঙা
চফৃনুংগী,
লাইজ খুয়া খরদা
লেল্লিবা

... ...

হিংননবগীদমক্তা
অঙম অঙম শেংনরি

(কদোমদনো, ১১৪)

শৈরেং অসি মপাঙ্গলদি য়াম্না লৈরগা মখা তানা মুন্না খন্নুনীংঙাই মচাক পীরি। চুম্মী, তম্পাক্তা লৈবা মীওইশিংগী ওইনদি হায়রিবসি। অদুবু মণিপুরদি তম্পাকলম অসিদা নত্তে। তম্পাক্তা লৈরিবসু মীকাংলূপ য়াম্মী। অদুনা 'লমদমসিগী মীওই' অসি খরা চানফাত্তে। 'ঈশাইফৃগী লেমলৈঙা' ওইবগী ব্রাখল অসিদি অরানবনি, ঐখোয়গী কোক্টী অশোনবনি। থৌশীল শোয়বগীনি, থাজনদবগী মহৈনি। নাকপাক তানবগী ব্রাখল পোকপা য়াদে। পূনশীনবগীনি, ব্রাখল তানবগীনি। অদুবু শৈরেং অসি ঐখোয়দা মতমচানা নিংশিংহনবগী মথৌ তৌরিবা অমনি। শৌরিবা ঈশিংগী শাবগী চাং কদায় ফাওবা ব্রাংলবগে হায়বদু তাকপনি।

অতৈ শৈরেংশিং মমালৈবাক নীংবগী ফনা য়াম্না য়াওরি, থাগৎপগী, ঐখোয়না মহেল্লে হায়নীংবগুম্বগী। ঐগী ব্রাখলদদি ঐখোয়না তৌগদবা য়াম্না ব্রাংলী। হোৎনখিসি অসিনি হায়নীংলিবা। থাগৎপদি ফৈ, লাল্লক্তা লান্নীবু থাগৎকদবনি,

অকিবা কোক্লবা হীদাক থাগদবনি। থাগৎপা তারবদি হেন্না কনবা হীদাক থাহন্নীংই। হায়বা লৈরি — ইমা লৈবাক নীংবশিংনা ইমা লৈবাক মচেৎ মচেৎ ফজুনা চাবদা লৈশিন্নত্তরে। ইমা লৈবাক নীংবগী থাগৎ শৈরেংশিং ব্রামন ওইরক্তদ্রা চিংনরক্লে। অদুবু সবিতাগীদা অনৌবা খোন্থাং অমদি তাবা ফংলক্লি - য়াম্না তনৌ শৈরেংগী হায়বদি রোমেন্তিক পোয়ত্রিগী। অরি অনৌ ব্রাহে য়ানশিন্নদুনা মমাঙঙৈগী খোন্থেক্কী, ব্রাহৈগী মহাও নৌহৌনা পীবগী, লৈরাং খোইমুগী। সংস্কৃত ব্রাহে খরা খরা য়াওরবসু মীতৈলোনগী ব্রাহৈনা মপূং ওইনা শীজিন্নদুনা ইবা ঙমই। সংসার, ঋতু, তর্পন, পাপ-পুন্য, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, এসরাজ, হা-হাকার, বোককী চাকথাক, আত্মা স্নান, ধ্রুবতারা, কুরুক্ষেত্র, নারায়নী তেন্সোল, সঞ্জয় দিব্য-দৃষ্টি, জয়, শতাব্দী, গুরু, ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতি, মন্ত্র, গ্রহ, চন্দন, কালগী চক্র, গ্রহ(গী) দশা, কাল মৃত্যু, অমৃত (লাইজ), মৃত্যুঞ্জয়, ভুবিয়া, বিধাতা, অসিনচিংবা খরসু শীজিন্নরি। মীতৈরোন-দা ওন্থোকপা য়াবা, শীজিন্নবা য়াবা য়াওরবদি মদু ওইনা শীজিন্নবসু নুংঙাইগনি খল্লী। য়াখিদবনা য়াদ্রে।

অদুগা অরোইবদা য়াওরিবা শৈরেং 'মৌনি' (১২১) অসিনা সবিতাগী শৈরেংদা পেন্দবগী খোল্লাউগী মফম অমা কন্নবা হোৎনরক্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

অচুম্বা হায়দোকপা,
অশেংবা ফোঙদোকপা
য়াদ্রবা মতম অসিদদি
ওইদুনতা লৈরগদ্রা মৌনি
কৈদৌঙৈনো
তৌগদবা মৌনি স্নান?

মান্নবা মশক অনী পূন্না থম্মগা অনৌবা মশক অমা পীরকপা ঙম্বা অসিনা নুংঙাইবা পোকহল্লি। য়াম্না অব্রাংবা নুংগী মশক লোৎপা খুৎদোঙমক নত্রবসু, মায়কৈ অসিদা অসুম থাক অমদগী থাক অমা কাখৎভুনা চঙশিনবা মতমদা করিগী হেন্না নীংথিজবা, খোয়রাংহনবা শৈরেং থোরক্লোইদগে সবিতাগী খোর্জেদগী ? এরিস্তোতলনা কল্লাদি

মতৌ তম্বদগী থোরকপনি হায়খি। পুৱারীগী অচুম্বদগী কলাগী অচুম্বনা হেনবগী মরমদি পুৱারীদি থোকখিবা অদুতা তাকই, শৈরেংদি কলাদি ওইরবা য়াবা অদুসু তাকপা ঙম্মী হায়নসু হায়রম্মী। অসিগুম্বা শক্তাক অসি হৌজিকসু অসুম চুম্মী। থোইদোক্লা অহোংবা লৈতে। তৌবদবু মতম মতমগী ৱাখললগী মরু মরেপকী মতুং ইন্না লোন্দা-পুদাগী, মফোঙদোক্কী, মীৎয়েংগী অনৌবা নাপচৈ থিরকই। মতমগী মিহুল হুনবা অমদি তুংদা মীৎয়েং থম্বা খুৎই থিরকই। সবিতাদা অসিগুম্বা হৈশিংবা উবা ফংই। ইরবদি হন্দবা তাই। তুরেলগী পাঙখক্কুম চেস্থহনবা তাবনি।

মাইবম চীংমাঙ
১৯ মার্চ, ২০১১

বি এস রাজকুমার

# ৱারোল খরদং

অঙনবা পুন্সিগী তাঙ্ককতগী পৃক্লীংদা ফাওবকপা ঈথিলশিং অসুম পংইদা ইবগী হৈনবী অমদি অসুমক লৈবকই। অদুবু কবিগুন্মদসু অসুমনা শৈরেংগী লাইরিক ওইনা ফোঙলক্লনি হায়র্বসি খল্লুদবনা নিংথিনা খোমজিন তাশিন্দুনা থমজিনবগী হৈনবী অদুদি লৈহৌদ্রে। হৌজিক থেঙজিলক্লবা মতমসিদা মরূপ-মপাংশিং অমদি ঐবু লুনা চান্না ভৌবিবশিংনা পৃক্লীং থৌগৎপিবদগী কোইথি থিদুনা অফংবা শৈরেং খবগা অনৌবা ইবশিংগা পুনশিন্নদুনা খোমজিনবা শৈবেং লাইবিক মচা অসি মীয়ামদা লানথোকচনবগী তাঞ্জা অদু লাকলে।

লাইবিক অসি মপুং ফানা শাগৎলকনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিনা ওঝা শ্রী এলাংবম কুঞ্জকিশোব সিংহ, ইপ্বা ইবুংঙোগী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা ভৌবিমল খঙবা উৎচবি। লোয়ননা ইকাইখুম্নজবিবা ঐগী অপোকপী ইমা শ্রীমতি লাইমযুম ওংবী ইবেমপিশক দেবী, ওঝা শ্রী লাইমযুম গোপেশ্বব শর্ম্ম অমদি কবি ডা: অবাম্বম ওংবী মেচৌবী নচিংবৰ্‌ হস্তবকলবা পৃক্লীংবু থৌগৎপীদুনা থৌনা হাপিবগাদমক নোম্লকপা উৎচবি।

শৈবেং শৈখোম 'মালংগী মীনোক' অসি অমুক্তং পাবিনবা মীৎয়েং অমতং থম্বীনবা হাযজকবদা ইশাগী চিন্নবা থৌগাইলক্লা থৱায য়াওনা হোৎনবিবকপগীদমক ইকাই খুম্নজবিবা শ্রী বি.এস. বাজকুমাব ঐগী নুংশিজববা মরূপকী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিনজববনি।

লাইবিক অসিবু আই.এস.বি.এন. পীবিদুনা ফোঙবিবিবা মণিপুর লাইব্রেবী এসোসিএসনগী জেনেবেল সেক্রেটবীগী থৌ পুবীবিবা ডা: চরোইবম ইবোহল সিংহ অমদি অত্তে মেম্ববশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোদোকচরি।

অরোইবদা লাইরক অসিগী মখুম ডিজাইন তৌবিরিবা শ্রী অরিবম রাজীব শর্ম্মা অমদি কম্প্যুটর প্রাইডকী প্রোপাইটর শ্রী গুরুময়ুম গগণচন্দ্র শর্ম্মা অমদি মাগী ষ্টাফশিংগা লোয়নননা লাইরিক অসিবু মপুংফাবা শকতম অমা ওইহনবিরকপগীদমক হন্না হন্না নুংঙাইবা ফোংঙদোকচরি।

হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা ফাওই মঙলুদ্রবা মঙলান অমা খাই ময়ামগী মতেংদগী মঙফাওনহলকপা। পুন্নমকপু অমুক্তা হন্না অপেনবা ফোংঙদোকচরি। লোয়নননা লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি।

খোয়াথোং -

এপ্রিল ১৫, ২০১১

সবিতা

# য়াওফম

# লীচিং অমদা

চৎখিগনি ঐ,
কয়া থাপনা
ৱাখলনা পুদুনা নঙগী
পল্লেপফম খঙদ
ককঙাওনরবা তাইবঙপানসিদা।

ৱাংলবা চীংদোল্
হাঙলবা লৌবুক লমহাঙ
শুক্লবা উমং-ৱামং
পাক্লবা ঈপাক লান্দুনা
থিখিগনি কয়া থাপনা
ফংননবা নঙবু ?

ফংঙমদে খঙদে থিফম
হংফমসু খঙদে
চৎলি লেপ্পা লৈতনা
পুদুনা ৱাখলগী লীচিংনা
পনখৈ লৈত্রবা সংসারদা ।

১০/০৫/১৯৯৮

## য়াকায়বো থেঙমনখ্রে

নুংনাংবা বাখলগী
মপৈ মপৈ
পাইশিল্লকখি মাযকৈ খঙদনা
লাকঙম ফাঙমদ্রবা
অঙাওবা লৈচিলগী মতৌগুম
হাঙলবা
পৃক্লীংগী অতিযা মকোযসিদা।

নৌনা চোংখৎলকলিবা
আশাগী ময়োল
কংশিনখিগদবা
শাববা কালেনগী মৈশানা
ওনখিগদরা
তাঙ্গোই খাঙুথক্তা
ৱাদবা ঙমদে থম্মোয় মানা।

অহোংবা নাইবা
খোঙচৎ ওইদুনসু
করিগী পীরিবা

অকনবা চৈথেং
থোংলবা থম্মোয় লৈয়োনসিদা।

নশাগী লৌফমদা
করিগী চাইরিবা হৃচেল্লবা হীদাক
ওল্লকনবা নৃংগী লৌবৃক।

নশাগী কায়দোংফমদা
করিগী হৌকার খঙ্গীমৈ
চাকথেকখিনবা তাঙ্গাই ওইনা।

মীকপ থোকলো —
য়াকায়রো থেঙমনখ্রে
করিগী লৈরি নুংবংননা।

১৮/০৪/১৯৯৯

## শূমগী য়াওল

শূম মপীদগী ওন্নকলে
শূম মচা মচা
য়ামখৎলকলে অসূম অসূম।
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না
চাউখৎলকলি ঈচাওওম
হেনগৎলকলি নোংম নোংমগী,
খিংননবা হোৎনদেদো অঙষা
ঙম্বগী ঙম্বা অঙম্বা।

ঐবু লোইবা লৈইমাবা
ঙাঙোই নিংথৌ পুন্নিংলাই
ইবুংঙোনা ঙম্বনা মহেন্নি,
ননাইনা থাবনা মন্নাংলি।
কেগেদা মনিংনি
মোইরাংদা মখানি,
সনালৈবাক লৈময়োম্দা
শেৎকেদা শেৎ

চাপেদা চা

মনীং তৌনা

হাইনা হমনা পানবনি।

অদুবু, অয়াবনি

মতুংশোনবা প্রজা মীয়ামশীদি

লৈরি

কনা য়েংবিনবা

লাকনবদা চৈথেং য়াওলগী।

০৮/০৯/১৯৯৯

# মালংগী মীনোক

মীনোকতুদনি,
হায়নৈ মীপুম খুদিংনা
করম্বা 'মীনোক'
খঙদে কনাসু।
নিল্লি ব্রা-ব্রা
নোকলি অরাকপা খুদিং
হনখি নোকফেৎ তৌনা।
অসুমনা-
লাকখিগনি কয়ামসু
হনখিনি অসুম তৌনা।
উরুবদা মতৌদো,
মকশিল্লবা মাইথোং —
য়াওদবা নত্তে মরক্তা
মীনুংশিনা থল্লবা মাইথোংসু
থোরকখিদবা নত্তে মীয়ামলক্তগী।
অদুবু,
নোকলি মহাকতুদি
নিংঙাইবা লৈতনা
কনাবুসু নাচুংবা তৌদনা
পাক-চাউর তাইবঙপানসিদা ।

০৫/০৩/২০০০

## খোঙচৎ

বাহংসু লৈতে,
পাউখুমসু য়াওদে
তাউদুনা লৈবনি
মনীংতমনা
অফা অপুন য়াওদনা
অব্রা অনং খঙদনা
ঈরোননুংদুদা মদোম তৃমিন।

তাইবঙগী মঙাল ফাওরবদা
সংসারগী অথকপা মশেকনা
লাকশিল্লকই তপ্না তপ্না
য়োমশিল্লকই মথং মথং
পারবা মচু কয়াগী
কুরাংবান্না —
চিংশিল্লকই খজিক খজিক
য়োৎচাবীগী শক্তিনা,
কোনখৎতুনা পমখৎখি
মায়া মাগী তমপাকথক
লৌরকই শকতম ঐহাক্কী।

লেপনাইদনা চেহ্নকলিবা
মতমগী ঈচেল ঈরৈলক্তা
তাউথরকই —
পূক্নীং হূরবা
ঋতু কয়াগী য়াওল
য়েন্নিংথা, নাকেন-থা
নিংথম-কালেন-নোংজুথা
ঈরোইননা চংমিন্নখি
ঐসু মথোয়গা লোয়ননা
নুংঙাই ঈপাক্তা তাউদুনা।

খল্লুদে ঐ কনানো
কদাইদগী লাকপনো,
পম্লুংফমনা কদোমদা
কোয়না চৎতুনা থিরকই
হংলকই পূক্নীংনা তৎতনা
ঐসিবু কনানো,
কনানোনে ঐসিবো ?

ঐনদি খল্লুই, ঐদি ঐনি
শুপ্নতগী 'ঐ' খক্তংগী।

খঙদবদি উদবনি
উদবদি অমম্বনি
অমম্বা মরকসিদা
থিরি ঐনা ঐবু।
ফুম্বংনরে ব্লাখল মাসু
মিপাইজৈ পৃক্লীং তথকপী
ব্লাজকই থম্মোয় লেঙদ্রবা
অসুমনা চবাংনবিঙৈ !
খঙহৌদনা কাপথোবকপা
লংল-মঙাল ঈনোৎলক্লা
লমজীংলকই পৃক্লীংবু
ঐদি ঐগী নত্তে,
ঐদি ঐগী নত্তে।
ঙাইহাক্কী ওইবা খোঙচৎসিদা
লমতাকপনি 'ঐ'
চৎখিগনি ঐগী ঐসু
থাদোকলমদুনা ঐবু
তিনখিগনি
হৌবকফম ওইবা মঙোন্দা।

০১/১২/২০০১

# জুন ১৮না লাকপদা

লাকলে জুন ১৮
পুদুনা লংলবা মশেক মঙাল
থব্রানমিচাক তরানিপালগী ।
শেৎনখ্রবসু ইমাগী মথাদগী
ঙাল্লিনে নোংমদোল অতিয়াদা
লেঙদ্রবা মঙালদি মূৎনাইদনা লংলবা।
লাইবক ফবী কেক্রুপাৎ
'থব্রানমিচাক য়াতাফম'
শেংলবদি লমনুংশি।
কৎলি তর্পন মীয়ামনা
পিরাং ইরিক খুজোক্কী
লাইওইখ্রবা অথৌবাশিংগী মফমদা
কুমগী কুমওন্না লাকপদা।

হে অথৌবশা !
নখোয়দা চেল্লিবা
মথৌ হন্দ্রবা থৌনাদো
হাপ্পীয়ুনে তুংগী মীয়ামদা ।

১৮।৬।২০০২

## কৈশুমশঙগী থব্রায়

থকলি চারি
নোকলি খেরি
মথোয় কারি
ইরাং কৈথেলদা,
লৈ লৈদুনা
পৃক্লীংনা পুবা মায়কৈদা
হরাওরি নুংঙাইরি তাউরি ইরাংদা।

মচি মচি
চিবোন চিবোন
শেংফাৎতবা সুরগা ইরোয়ননা
তপলপ্পা তাম্থাদা
চিল্লোকনরি,
থম্মোয় থম্মোয়
হরাওরি নুংঙাইরি তাউরি ইরাংদা।

থৌশাদে
কনানা কনাবু

লৈতে খেৎনবা
অফ-ফত্তগী
পাপ-পুন্য
ধৰ্ম্ম-অধৰ্ম্মগী
হৰাওৰি নুংঙাইৰি তাউৰি ইৰাংদা।

ইৰাং কৈথেল কাৰিবী
অহিংগী লৈৰাং থাবল্লে
থম্মোয় মথা থাদুনা
শুক্ষৎ লাংবু থাকলিবী
খোইকুম মোমোম্নদুনা
লৈৰাং লৈনম য়োল্লিবী
য়াইপুৰিবী তনৌবীদুগী
থম্মোয়দুগী থম্মোয়দুদি
মৰী তৎলবা এসৰাজনি
কনানদি খঙলিবা ।

লৈমৰোল খোৰ্জৈকোল (লৈকোল), ইম্ফালনা ফোংবা শমজিৰে
(খোমজিনবা শৈৰেংগী লাইৰিক), ২০১০ দা ফোংদোকখ্রবা।

## ব্রাকৎ

লাঙলিবা ইনিলখোন
হাৎন শুনবগী —
নাহেখোল্লা লকসিদা
তুহৎ নৈহৎপিবগী —
থোকলকখিগদ্রা ইংলবা
ব্রাখলগী ঈফুৎ ?

চেকখাইরবা থম্মোয়দগী
শাফুকম্না চেন্থরকলিবা —
ঙাঙশং ঙাঙবা ঈখেংশিনা
চামদুনবু ঙৌরকখিগদ্রা
মুশুক মুনা হাজীল্লবা
অমুবা আইনশিংসিবু ?

লাউরি খোংলি পুমনিল নিল্লী
কপলি তেংথারি লেপ্প-লৈত
মায়কৈ খদিং তেমশিংনরি
উহৈদ্রবা দৃশ্যনি
ওইরকলিবা মতমগী।

বোককী চাকথাকনি
পালি নাইবা
অমগী মথংদা অমা,
ঙসিনা মখাদা হয়েংনা অৱাংদা
মনীং-মমাঙ খাক্তনা।

হা-হাকার লাউরি,
কোইচেল চেল্লি,
নুংশা শ্বর থবেৎ থবেৎ
মিপাইদুনা কিজদুনা
মায়কৈ শলাই খঙদনা।

লেপথ্রে উচেক ৱায়াগী
পূক্লীং হূনা শুঙ্কৎলবা
নুংশিরবা শৈনিল খোল
মখৌ পোঙনা খোংজবা
পামেল ফৈরা থক্তুদা।

লেপনাইদ্রবা মলয়া
কোয়ঙাওননা ঈথক হৌজবা
হাঙল লৌবুক লমহাঙদা
মনীং তমনা শান্নজবা
থিংম্রে লোইবী চীংজাওনা।

ঈহৌনরি মীৎলু পিরাং
প্রকৃতি ইমা নীংথিবী
শীস্থরি লেপতনা
মীৎলু নাপোম অনীদা
থিংঙমদ্রবা ঈচেলগুম ।

ঙাকপী শেনবিনবা য়াওদ্রবা
ব্রাকৎফম চঙজফম লৈত্রবা
লমজা শরা মচাগুম
খুদাং পিফমনদুনা
খাঙখিগনি কয়াম্ কুইনা ?

১০/০৫/১৯৯৮

## লমজীং

চৎলুই ঐনা
খুনাম তাদ্রবা
তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা
খোঙথাফম খঙদ্রবা
লম্বীদুদা।
হোৎনজরুই, খোমজীন্দুনা
লৈজবা লৌশিং থৌনা অপূম্বা
য়ৌননবা পম্লুং
অদুবু লমুকনবে লম্মখাঙদা।

হে মঙালগী মশক ওইববা
‘আত্মাজ্ঞান’
পাক্লবা সমুদ্র ঈযাইদা
ককঙাওনববা হিবোযশিং
লম্মুকনববদা
লম্বী তাকপীবিবা
ধ্রুবতারাগুম
পীনবিদুনা মঙাল
কোকহনবিয়ু অমম্বসে
ওইবিয়ু লমজীং পাম্বে
খুনাম তাদ্রবা লম্বীদুগী

২৪/০৭/২০০৩

# মৈরীনুংদা

থীরি মশীং
মিকুপকী,
তংলি মহাও
পুম্নিগী,
লেল্লি —
নোংমা নোংমা।
কেনখিগনি ঙরাংগী
ঙসি,
শাৎলকখিগনি হয়েংগী
ঙসিসু,
লৈহৌখিগনি
‘ঙসি’ মাদি লেঙদ্রবা ।
লেপনাইদ্রবা খোঙচৎসিদা
য়াওরিবা নঙ ঐসু
উনা উনা লোমখিগনি
নোংমদি
মৈরীনুংদুদা মতমগী ।

২৪/০৭/২০০৩

## ঈচেল

লেপলি
নঙ-ঐ
ঈরৈ কল্লবা তুরেলগী
তোর্ব্বান অনীগুম ।
চেন্থরী ঈচেল
পুন্সিগী
ঈথক হৌনা
থেকনা খোয়না
তোর্ব্বান অনীগী
মরক্তা,
চেন্থখীগনি লেপ্লা লৈতনা
তিনখিগনি ঈপাক্তুদা
লূপখিগনি ঈরোম্নুংদুদা ।

২৮/০৭/২০০৩

## ঙাইবা

অশাওবসু পোকতে,

ব্রারৌবসু লৈতে।

পামজদে,

অসুক্কী মতিক পামজদে

থম্মোয় শোকনা

য়ানিংদে।

অদুবু,

কবি উপাইদি লৈবি

লৈরুবনি মরকসিদা

ঙাইবা তাবনি

পূংফমদু

লানথোকত্রি ফাওবা

লৈইদু।

২৪/০৭/২০০৩

## আশা

মুৎথরকলবা মৈরীগী
ইনখৎতুনা দোশী
হোৎনরি
থোরকনবা মৈঙাল
থাউ য়াওদ্রবা
থাউমৈদুগী।
পীকথরকলবা মৈরীদুগুম
মুশিরকলবা ব্রাখলগী মমিদুনা
খনখি —
অমুক্তং ব্রাংখৎলকলবদি মৈরীসি,
ঙানখৎলকখিগনি মমি শামলবা
পুন্সিগী থাউমৈসু।

১/২/২০০৪

---

লৈমরোল খোর্জেকোল (লৈকোল), ইম্ফালনা ফোংবা শমজিরৈ
(খোমজিনবা শৈরেংগী লাইরিক), ২০১০ দা ফোংদোকপ্রবা।

## মমশিল্লক্লবদা তাইবঙনা

অখাক অরাউনা থল্লব
মালেম লৈকোয়পুংসিদা
বোরোবীনা তাংবল কা,
উরিৎ নাপংবীনা হোই লাও
দোলাই পাবা অঙম্বা
কোয়েৎ ফৈয়েৎ য়েৎতুনা
নীং-মাঙ নাক-য়েৎ
মায়কৈ তরা কুপশেন শেন
মচা মনাই কয়ানা
থৌগল পালি কাজবা।

মমাঙ থোঙদি কন্না লোন
মনীংদনা লাওনা ফাৎ
শোল্লি চিনবাম্লোংদদি
অচুম্বনা য়াইফরে।
নিয়মদনি চৎচরিবা
লৈই ব্রাংমা লানফদে।

পাইম পূক্লীং মানদি

অখাক অরাও মতৌগুম

লাউরকইদো অসুমনা

‘অমম্বনি ঐদি অমম্বা’

অমম লোকনুংদা লৈজবা

অঙানবদা য়েমৌনৈ

তুহৎপা নৈহৎপা ইতৌনি

কপ্পা কপহনবা ইথৌনি

নুংশি চান্নবগী ব্রাঙাং

লাপথ্রে ওম্থোকনা

ইনাক্তুগী।

অফ-ফত্তগী খেৎনবা

ওইজবনা খায়বনি

লৌবা য়াবা লৌশীনহৌনি

শেগায়দুনা ফোয়দৎতুনা

তুংগী করি খল্লুনি

ফংলিঙৈদা পৈহৌনি।

ওম্বোকপনি ওম্বোকপা !

হে তাইবং মীওইপোক

লৈত্রবদা লৈবাক প্রজানা

কনাগী নিংথৌ ওইরুনি।

মহৈ মরোং অচুম্বা

ওইদুনসু অচৌবা উপাল

লৈত্রবদা চাবীনবা কনা

মাঙখিগনি পুম্নমক অরেম্বদা

১০/০৫/১৯৯৮

# ঙাইরি

হাঙলবা
পুক্লিংগী লৈকোলসিনা
ঙাইরি
শাৎলকপা লৈরাং অমা
লৈকা ফননা।
য়েল্লকননবা
লৈরাংদুগী লৈনম
মালেম শীনবা থুংনবা
লমদমদু ফাওবা
মালেমগা অতিয়াগা চিল্লোকনরিবা

৪/৮/২০০৭

# লানঙম ফিরাল

লানথেংনরি কুরুক্ষেত্রগী
চাউরবা লানজাও অমা,
পুক্নীংগা থম্মোয়গা
লেপলি নাকপাক নাকপাক।
অমরোমদা
অচুম্বগী মণ্ডাল
অমথক্তং, শুপ্নতগী অমথক্তং।
নাকল্ অমরোমদনা
নারায়নী তেঙ্গোল,
লৈরি
মশীং থীঙমদ্রবা
সমুদ্র ঈথক্কী মতৌগুম।
য়েংলি,
সঞ্জয় দিব্য দৃষ্টিদা
কনানবু পায়রগবা লানঙম ফিরাল।
ধর্ম্মগী লানথেংনি,
ওইগনি জয় লান্দবনা
পায়গনি অচুম্বনা লানঙম ফিরাল
শোয়দনমক্কী মায়পাকপগী।

# নাপন

নঙনদি হায়রি নঙনা মখঙঙে
মানসু খল্লি মানা মহেল্লে
ঐনা নীংই ঐনা মচুমলে
কনানা ওইদৌরি ব্রায়েন মপু ।

## মচং

খৈন য়াংকোক থকতা
হাপলি নাচন ফানবা
খপতোকতুনা হুমদোকলি
ফৌহাম ব্রাইরু মখৈবু,
খৈগৎতুনা খনগৎলি
অচংবা মচং মখৈবু
তুংগী পুক্কে থম্নবা
পুম্সিগী ফিরেপ তান্নবা ।

# মরী

নঙনা লৈ ঐনা লৈনম
নঙনা মশক ঐনা মমি
নঙনা থব্রায় ঐনা হকচাং
নকনৈ,
অসুক্কী মতিক নকনৈ
নঙ অমসুং ঐ
অদুবু
ঙসিদি ওইররে
পুম্নিগী লানফমদা
পানা
থুম্লক থুনথাগী ।

## লম্বী

পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্তা
শান্নখি নীং তমনা
খঙখিদে লম্বেলসু চৎকদবা
লৈখি কোয়ঙাওননা,
পুথখি ঈচেলগী ঈথকনা
নাথেদুনা চেক্সখি
শাফু কল্লবা ঈচেলগী তোরৈদা,
তাউথখি অথিংবা য়াওদনা
মানা পুরিবা মাইকৈদা
খল্লুবা তৌদনা
তোর্ব্বানগী ব্রাখল
ঈচেলগী ঈরৈদুদা
লুফেৎ-লুফেৎ ।

তপথরকলে ঈচেলগী খোঙজেল
হল্লরকলে ঈথক ঈরৈসু
ঈচেলনা ঈপাক য়ৌরমদাই।
ঈচেল্লকতুদা তাউথদুনা
ঈরাকনরিবা ঐসু
খঙলকলে তোর্ব্বানগী লম্বী
কদোমদনো চৎকদবা

শাংলবা ঈচেলগী খোঙচৎতুগী
মথানুংদা থাগোননদুনা
য়াওরকখিবা ঐসু থুংলুরে
ঈপাক ঈতিনফমদা।

নীংথিরবী মালেম লৈমসু
হোংদোকতুনা অশংবা ফিগে
খোনখরে চরৈ কুমজিংবী
ঙঙ্গানবা লুহুপনা লৈতেংদুনা
তপনা তপনা চঙশিনখ্রি
অমম্বগী লোকনুংদা।
ঙাল্লকলে
পনখৈ লৈত্রবা অতিয়াদা
তনিক তনিক থব্রানগী মশেকনা
ঈতিনফমগী হিথাংফমদা
ককঙাওনরমবা ঐসু।
মমি শামলবা থব্রানমিচাক্কী মঙালদা
উরকলে —
তপনা তপনা মশেল মরাং
চৎকদবা লম্বীগী খুনামদো।

২৫/০১/২০১০

# ফিজী

ইমা নঙনদি থমলি
নচাশিংবু
নঙগী ফিজী মরুমদা
ঙাকপী শেনবিদুনা
খূদোংথিবা খুদিংদগী।
নুংশিনা তম্বিরি
নচাশিংবু
নুংশি চান্নবা লৈমিন্না
চামিন্নদুনা অরৈবা
শেৎমিন্নদুনা লৈজবা।
অসিদসু নত্তনা
তাকপীরি তম্বিরি
অচুম্বা অফবা পাউতাক কয়া
নুংশিবগী থৌরবা থাঙশাঙনা
কৎথৎননবা
খারবা মীৎয়েং য়েকনবগী,
নুংশি লিপুন পুন্নবা
কোঙ্গোয় চেৎনা লাকতুনা

শাগৎননবা অপুনবগী পাঙ্গল।

চৎননবা

চাওখৎপগী লম্বীদা

ঙমননবা য়াওবা

২১শুবা শতাব্দীগী

খোঙজেল য়াঙনা চেল্লিবা

মালেমগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগী

হিদাম্নবা খূদিংদা।

অদুবুনে পলেম ও !

নোংদম থীনা তমখ্রবোই

কাঙদোং ফার নচানা

শেম্নবিদ্রেদো

ইমাগী নপাবি অপীখক

ঈস্নোকতুনা থম্বীরি

মীতোপ মীয়ানচাগুমনা।

হৈনা - তাস্থা চাহৌদ্রবা

পলেমগী পারি নুংশিবা

শমু পাঙ্গল চাউরকলে,

লানজঙলকলে

হিংনবগী লানথেংদা

থিরকলে উপাই
ফংননবা মখোয়গী হক ।
লেপলরে নাকপাক নাকপাক
লাউরদুনা লানগী লাল্লাও ।

কাউখ্রে
লোইনা ঙমনমক
সংসারগী গুরু অহানবা
পলেম মানা তম্বিবা
মিনুংশি, চানবিহৈবা
ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতি
মাঙখ্রে লোইনা ঙমনমক
ঐগী হায়বা মন্ত্রদা।

ঙসিদি,
হৌরকলে মৈরীকপীনা মৈজাওবী
পলেমগী ফিজী মৈব্রায়রকলে,
পারি কনা লৈত্রবরা
খাম্বী মৈকনবিনবা
খাম্বী মৈকনবিনবা।

২৬/০১/২০১০

# ইখৌ

নঙনদি পীরি

অখাকপা লৈতনা

নঙগী লৈজবা পুম্বা

লোইনাইদ্রবী ঈচেলগুম,

ইখৌগী কোকপা

নাইদ্রবা

তাইবঙসিনদি

নাইদ্রিনে পেনবা

পিবিবমখৈ।।

২৬/০১/২০১০

# কুমগী নোংনা লাকপদা

অকনবা পোকপী ইমানি
অথৌবা পোকপী পলেমনি
মালেমদা অনী শুদবী
পলেম নঙবু নুংশিবী।
নাউয়োক নাউকোন ফজবী
পলেম নঙবু নীংথিবী।
নুংশিবা পাবি কয়ানা
খোমলাং লমন শিংঙমদা
পোকপগী মহে যাল্লমদা
নিতি নোংমা কাংদনা
তোর্ব্বানগী লৈতেং ওইরকপা।
করম্বা গ্রহগী দশানা
লাইবক চাউবী নমোম কয়াবু
মশাবী শেৎনহনদুনা
অমুবা চন্দম্না লৈতেংবী
লুপ্লাশিংদা চলহনলিবা ?

কালগী চক্র মৈরীনুং
পীকলিবা মচাবু 'থাদ কোন
পুন্সি পোৎলুমনা কোক্তা থোন
ঙাইহরি মৈতান্না ৱাখৈবা।

পলেম নঙবু নুংশিবী
পারি কায়ন মৈচাকনা
খুদাং পিফমনরিবী
নঙগী থিংঙমদ্র পিরাংনা
থুমহৎলেনে মালেমসে।
নমোমগী অৱা মৈচাকসু
পলেমগী কোকলেন থকত থোং
কয়াদা ৱানা খাঙলিবা।

কুমগী নোংনা লাকপদা
ইমাগী তম্পাকথক্তগী
চেস্থ্রসনু
গ্রহগী দশা অপূম্বা
কুমসি কুমগী নোংদমখোলসিনা।

নাথৈথ্রসনু কাল মৃত্যুসু

থীকলরসনু অমৃত-লাইজ

মৃত্যু মাবু ঙম্বা মৃত্যুঞ্জয়

লৈহৌরিবা চারোল শুরোলদা,

মালহৌনরসনু

ইমা নঙগী তম্পাকসে

কুমসি কুমগী নোংজুসিনা ।

০১/০২/২০১০

# মায়া

লৈরম্মী
হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাংদা,
ওনখ্রে ঙম্না তাঙ্গোই
অনৌবা লাংঙোন অমগীদমক
চৎখ্রে থাদোকলমদুনা
ময়াই কারবা সংসার।

কনা কনাবু ঙাইরিবা
কনানা কনাগা লোয়নরকলিবা
লাকতে কনাগসু লোয়নদুনা,
মদোম তরক লাকপনি
হনখিগনি অদুম মথন্নতা।

ঐগী হায়ববু কদায়নো
নত্তেনে ঐহাকসু ঐগী
পুম্নমক মায়ানি মায়া ।

১/২/২০১০

# পোইনু লৌবুক

পাইরকখি কুরাক অমা
হাঙলবা পোইনুগী লৌবৃকতা
থিরদুনা
হঙ্গাম মপাল মচুগী
ফিগে শেৎপী মশানৌবু
নুংশি মিৎচাননা
থম্মোয় পাউদম তমজনবা।

মশাবী মাবু উজবা
ইকাই নুংশি মোমোন্না
মায়থোং লৈদা লুকতুনা
হরাও মিনোক তমজবা
কয়াদা নীংথিজরিবা
নাপুগী ঈথক-ইপোমদা
লুপাগী কোঙ্গোলনা লৈতেংবা।

অসুমনা
নুংশি-লাইজ ঈপাল্লাংলিঙৈ
মঙাও থীবা মালংনা

য়েল্লুরি

মায়কৈ শিনবা থুংনা

খোয়থুমনরবা নুংশি লৈনম।

লৈহীদা ঙাওজবা খোইরাবা

ফংলবদা লৈরাং লৈনম

খোঙদোইরকলে ঙংনা ঙংনা

নুংশি চিরোন তৌরুনবা

লৈরাং মাগী নাপদা।

খ্বাংজেংবগী খোম্থাংদা

নীকখ্রে থম্মোই পোমশাৎনবী

লোৎতুনা খাঙজৈ লৈনারক্তা।

কয়াম কুইনা খাঙগনি

থকখ্রে পামজবা লৈহী

খৌবোম থননা

মবুক পেম্না খোইরাবা,

ফংলবদা লৈরাং লৈহী

শাখপ তোয়খ্রে

লৈরাংবু হন্না য়েংলমদা ।

ও! ওস্থোকপনি

হাদ লৈরাং লৈনুংশি

নোংদম থীনা তমখ্রবোই,

থোৎলবী লৈরাং লৈনাদো

চোইজাইননা কেল্লেদো

ঙসিগী হাঙলবা

পোইনু লৌবুকসিদা;

তিনখ্রে

অনৌবা লাংঙোন অমগীদমক

০২/০২/২০১০

# শাৎলকখিগনি নোংমদি

নুংশিবগী অর্থ
চান্নবগী মমল
ওইরদরনে পূম্নমক
ওইজবনা ?
অচুম্বগী ব্রাহন
অরানবগী ব্রায়েন
ওইরবরনে
নৈহৎপিবনা ?
অদুবু
ঙসিসু থমলি
থম্মোয়গী থৃপলবা কাচিন অমদা
পীশক পীকপা
ব্রাখলগী মমি অমতং,
শাৎলকখিগনি নোংমদি শোয়দনা
চেকখায়রবা
কালেন থাগী লৈক্রুকনুংদগী
থোৎলবী লৈপাকলৈ
লাকলবদা কুমগী নোং ।

# নোংলৈ

তোর্বানগী শংলবা নাপীথক্তা
ফমদুনা,
লংথদুনা শান্নখি
লৈতুম মচা মচা,
হৌবকখি
ইপোম মচা মচা,
তাউথংখি বাখলনা
পূক্লোংগী হিনাং তোংদুনা
কযাদা নুংঙাইনা শান্নজখিবা
ঈচেলগী ইপোমলক্তুদা ।

ও! কযাদা তমথীখ্রবা
কদোমদগী লাকলিবা
শাফূ কল্লবা নোংলৈনো
হুমদুনা পুবিখ্রে
মায়কৈ খঙদনা ।

০৬/০২/২০১০

## থিবা

ব্রাখলগী সিয়োমনুংদা
নাউপুরি শৈরেং অমা
কয়াম কুইনা চঙখিনি
মসিনা শরেপ ফারকপা।

থিরি লমহেনবী পূক্লীংনা
হাংদোক হাংদোকতুনা
লৈরোল চনশিনখ্রবা তাবুনুংদুদগী
ফজ-ফজরবা ব্রাহৈগী লৈতেং
লৈতেংবিনবা মাবু
মানা তাইবঙ ফাওরকপদা ।

১৪/০২/২০১০

# কয়াম কুইনা

খুৎতা তুবিয়া পায়দুনা
চৎলুই তোর্ব্বান থুংনবা
চাওরবা ঈপাক অসিগী
শোকননবা
অরূবা লাঈজ খরদং
অমত্তসু লৈরমদরে
লোইনা ইনৈ নৈরমলে।

পূক্নীংদা অমুক খল্লকই
লৈবমগদ্রনে,
আ - ঈপাক ঈয়াইদা
অরূবা লাঈজ ঈশিংদো।

কুমদুনা য়েংলুই, ঈয়াই তম্না
কোইথি থিরুই,
হাইদোক হাইদোকতুনা
অমত্তসু ফংদরে

অমুক্কা হেন্না নৈরমলে
লোইনা কুম্বং শারমলে।
নৈত্রে,
অরূবা লাইজ ঈশিং
খুয়া অমত্তং শোকফমসে
ঙাইবা তাবনি
খঙদে কয়াম কুইননো
মসিনা অমুক লূরকপা ।

২৩/২/২০১০

## ঈথিল

থেংনখি নোংমা
নীংথিরবা লৈকোল অমা,
ওম্থোকনসু ফজখরে
য়েংবগী পেনবা নাইখিদ্রে।
পেল্লকত্রদুনা
মপানদগী য়েংবা
য়েংনিংখি মনুং চঙদুনা,
চঙশিল্লুই
ঙাশিল্লিবা থোঙ্গালদু
ইম্থোকতুনা তপনা ।

কয়াদা নীংথিজখ্রবা !
তরামরিনি থাজগুম
য়েংবগী পেনবা নাইখিদ্রে
শুম্বৎখ্রে থম্মোয়সে।
ঙাইহাক পুঙ্গোই মতুংদা
চংশিল্লুহ
তপ্না তপ্না
লৈরাং লৈখোঙ শুনবা।

তশেংনা ফাজীনখ্রে
লৈরাংশিংনা ঐহাকপু,
ঙমদ্রে থাংদোকপা
ইখোঙ অসি লৈখোংদগী।

তাঞ্জা অদুমক্তদা
অসুমনা হায়রকই
লৈরাং অমনা —
ঐদি লৈরাং মালিকানি,
ঈংলবা ঐগী লৈনম
মেংল থানিলগী
লুপা ফুদোংল
ইপোমলক্তা
মালং ঈথক হৌনা
লিরি লিরি
ঐগী লৈনম য়েল্লকপা
তাইবঙ পূক্লীং শুঙ্কংতবরনে

অমনা অমুক
মির খোঙ্থাংদা কৌরকই

অমুক্তা ঙাইবিখো
তাবীয়ু,
ঐগী থম্মোয় পাউদমসু
মালিকা মাদা নত্তে
ঐহাকসু লৈরাং কুন্দালৈনি।
অসুমনা,
মখল মখলগী লৈরাংশিংনা
ঐবু পুমঙাও ঙাওহনখি।

নুংশিবা লৈনমনা
চিংশিল্লি ঐবু,
লৈদুনা য়েংথোকলুই
ফুগায়না শাৎলমই
ফজরবা
লৈকোলগী লৈরাং লৈনুংশি -
আতর গুলাপ, শেউতি
মতারোইশিংগা লোয়ননা
কবোকলৈ, তখেল্লে, কুন্দোলৈ,
নাগেশ্বর, চিনিচম্প্রা,
খোঙ্গুমেলৈ, ক্বাকলৈ, য়েরুমলৈ

কৌশিল্লকই মখোযনা

তবাম তরাম,

ঙকচাননা ঙাইহাক তূমিননা

লেপতুনা লৈখি ঐ।

থংনবা মিকুপ অদুদা

ফোংদোকফম খঙদ্রবা নুঙাইবদুনা

পীরকখি,

অকনবা ঈথিল অমা

মদুদগী

খনখি ঐহাকনা

যাতিকুপ্পিদা ওইবসু

থারুরগে,

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা

ইমাগী থৌগল ফংনবা।

২৮/০২/২০১০

# লৈতেং

শেংলি, মখল মখলগী
ফজ ফজরবা ফিজোল
তৈরি মায়তৈ হীদাক
মরোল মরোল নাইনা
য়েকলি খৃংশেমগী তুলিনা
বিধাতাগী লায়েকথকতুদা
হায়ননবা ফজৈ হাযনা ।
লৈতেংলি
মখল মখলগী
ফজ ফজববা লৈতেংনা
ঙকতা পাম্বোমদা
খোঙদা খৃংতা খুদাংদা
হেক লৈজবা মখৈ
অমত্তা চীথদনা
হায়নবা ফজৈ হায়না ।
অমরোমদা —
তশেং তশেং
লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা
শংবান্নবা অতিয়াদা

তরং-তরং খোরকলিবা
কোরৌহনবগী সনা ফুদোংলবা
মশেক মঙালগুম
লংলবা পৃক্লীং ব্লাখল,
মিনুংশিনা নিক নিক চোল্লবা
থম্মোয়গী মপু ওইরিবী
ফজবা হৌন লমচৎনা
লৈতেংলিবী মহাক্কী ফজবদুদি
ওইদবরনে অশেংবা লৈতেং ?

২৪/০৬/২০১০

## ব্লাহং

চেংগুমনি চেংগুম
লৈশৌবুংদা শৌবা,
উতাংবীগুম ওইদুনসু
পীরি মীয়ামদা
কান্নবা,
য়াওলনা পুরকলিবা
অওনবা অসিনা
মপান নাইদবসিদা
পীবি করম্বা কান্নবা ?

## লাইব্রা

অচুম্বা নহাকসে
অশেংবা মশকনিনে
পুম্সিগী,
নহাকতবু চেৎনা থাজরিবা
মহাক অদো,
মায়থীবা লৈরোইনে পুম্সিদা ।

# লাইবক ফবী মমানি

কদোমদগীনো
অসুক থম্মোয় শোকলবা
নুংহিকনরবা খোঙ্জেলসে,
কৌরি নাশোন পীকনা
মী তাখিগনি মতাগুম
‘ইমাগী পারি
ইমাগী কোইরেং’
কদায়দনোনে নহাকপু
য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনসিল্লকলেনে,
কদোমদা চৎখ্রে থাঙ্গালনা
কদাইদা লৈখ্রে পাওনা
চোংথা মিয়া য়েংখোইবা।

ইস! করিনো অসিদি
ইমাগী চিংলেন
চিংলেনসনা মাঙজরেদনা ইমাদি
ঈখেংতনা চোৎলেনেসে,
কয়াদা নুংঙাইনা য়াতারিবা
খোংজোম লানগী লানবূংসিদা।

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
মোনদুম মোনতেক ’থক্তা
য়াওনজগদবা
খোমলাং মনম কোকত্রিবা
নাব্রা ওইরিবা ইচাসে
মুনবিখ্রে
নোংদম থীবা নোংদমখোলনা
মমা ঐগী ইথানুংদগী ।
কৎলমলেনে
ইচাগী থব্রায় মঙামক
মিগা থানা তরূকমক
য়েকনবা মায়রোং য়াবদা ।
অসুমনা,
চৎখ্রেনে মথং মথং
ঐগী ফিজীগী লনশিং
মমা ঐগীদমক্তা ।
মচা কায়নবগী মৈচাকনা
থম্মোয় কায়রবী ঐহাকসে
ঙসিদি নখোয়বু পোকচমন
শীংথানরি মালেমদা ।

ইতিহাসগী লামায় খূদিংদা
ইরিনে সনাগী কালিনা —
লাইবক ফবী মমানি
অকন অথৌ পোকপীনি
ঐদি মৈতৈ লৈমনি
ঐদি মৈতৈ লৈমনি ।

১৩/০৮/২০১০

## ?দি অমদা

লেরম্বনি মীযাম মরক্তা
?চম চমনা মীচম ওইনা
কোবৌ নোংজা অমদা
উপ্লিখি মীয়ামনা কোকথক্তা
ইকায়খুম্নবগী লুহুপতো ।
লুহুপকী মতিক ময়াইনা
?পকৎলকই নোংম নোংমগী
?াঙ্গল থৌনা লৌশিং,
কয়াদা কনখ্রবা ময়াইনো
লৈরকতে কিবা কনাবু
খল্লকই লোয়নমক্কী মপুনি
পূম্নমকসি খুবামনুংদনি ।

মখৌ পোঙলকই অঙম্বা
হাইনা হুমনা পাল্লকই
বায়েল কারন লাক্রকই
তাইবঙ মপুগী শিল্মাদৈ
খোঙকাপ থৈনা চৎলকই ।

নিংশিংলুদে নোংমতা
হোংবা নাইবা খোঙচৎনি,
ঈপাক থক্কী কোঙ্গোলগুম
ঙাইহাক্কী ওইবা পুন্সিনি ।

অমুক খুবাক অমুক খুনম
অকা অকুম নাইবা
খোংচৎসিদা
খোঙফম চাহৌদ্রবা
খোঙথাং অমদা
থিখি অচৌবা খুদি অমা,
ওস্থদুনা তাখি লৈমাযথক্তা
ফজববা নীংথিববা
কোকথক্কী লৈতেং লুহুপতো
উফুল্লক্তা থবো থবো ।

# চুবা

লৌথোকখ্রে লোইনা
চপখাইদুনা
খ্রুক খ্রুক কংনা
শুম-শুমদুনা,
হৌজিকপু করি লৈহৌরিবগে ?
লেমহৌরিবা হায়ববু
চুবা অসিতা মঙায়রে,
লৌশীল্লু মসিসু
কাম্নরক্কনি নোংমদি
মৈচম ওইনা চূখৎনবা
চনৈনরবা সমাজ অসিগী
হুল্লকনবা অমুক
অনৌবা য়েন্নীং অমা
অওনবা শৈহৌ অমগী ।

০৩/০৯/২০১০

# খোঙদোই হুল্লকপসিদা

কয়াদা খৌরাংনা
ঙাইহিরি ঐনা নঙবু
হাংদোকলদুনা থম্মোয়গী থোঙ্গাল,
কয়ারক হন্না চেনথোকতুনা
ওকননবা নঙবু তরামনা।
অদুবু
হনজিনখি ঐ
নীংবা কায়বগী মৈচাক পুদুনা
থোকলুবা খূদিংগী নঙবু ওকননবা,
কয়ারক হন্না কপখি ঐ
খঙদে নহাক খঙলমগদ্রা ?
অদুগা অমুকসু
থিখিবনি ঐনা নঙবু
কাচিন কোয়া খূদিং
থাপল থাপলবা
চীংয়াগী নাপোমদা,
থেঙলবা অহিংদা খোংলকপা
তামনাগী নুংশিরবা খোম্থাংলক্লা,

চীংনুংগী হারিনা শকলকপা
নুংশি শৈশক শৈরোলদা।
অদুগা অমুকসু
নোংমদোল অতিয়াদা
মনীং তমনা পাইরিবা
চেক্লাশিংগী তুংইন্না
পূক্লীংনা চেক্লা ওইদুনা
চীংলোন লাননা পাইদুনা
থিখিবনিনে ঐনা নঙবু।
করিগুম্বদা
পৈদুনা লৈরিবা
অমোৎ অকাইগী মপৈলক্তা,
খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা
য়াকল কালেন নুংশা
ইংল' ব্রাকচীং-উলেন মাযোকনদুনা
পুন্সি পোৎলুম কোকথোংনরিবী
থৌনা লৈবী
মৈতৈ চনুশিংগী মরক্তা,
তরা কৈথেল কাদুনা
পুন্সি লানফমদা লাম্থেংনরিবী

পলেম ইমাশিংগী মরক্তা
কোইথি থিখি হন্না হন্না
লোৎলিববা হায়না নঙনা ।
অদুবু
ফংবা কৌবদি মবৈতবে ।
তশেংনমক,
ঐ য়াম্না চোকথরে
লৈরকতরে ঐগী পাঙ্গল
নঙবু কোইথি থিননবা।
অদৃদগী
অচিকপদা ফমদুনা লৈখি ঐ ।
নঙবু নিংশিংদুনা,
পৃক্লীংদা য়াম্না বারৌনা ।

ঐগী ইতৌসিদা নহাক
খাঙবা ঙমলকত্রমাগ্লে,
ঐগী থম্মোয়গী কাচিন অমদগী
শিথ শিথ নোকলদুনা
চেনথোরকখি নঙনা
লেপনায়দ্রবা ঈফূৎ ওইনা,

ঐ খঙলুদে নঙনা অসুমনা
ঐগী থম্মোয়নুংদা
লোৎতুনা লৈরমগনি হায়বা।

হৌজীক,
ঐ কয়াদা নুংঙাইরবা
ঙসি ঐগী কবিতানা
মথোক কারকলিবী
তনৌ তনৌরবী নুজ়া অমগুম
তপলপ্লা খোঙথাংদা
কাইদ কাইদ খোঙদোই হুল্লকপসিদা

## লাঙতকনবা

হে ইমা !

পোকনফম লমদম মণিপুর

পলেম নঙগী ফজবসে

হায়নৈনে স্বর্গগী লৈকোলনি।

শাখপ তোয়বা চেক্লা ওই

হাঙল' অতিয়া মকোইদা

মায়কৈ থুংনা কোইপাই পাই,

পামেল তলা অব্রাংবা

ফৈরা থক্তা তোংদুনা

য়েংজনিংই

পলেমগী নীংথিরবা চেংলৌদো।

ওল্লোকনসু ফজেদকো

পৃক্লীং হূনা নীংথিদা

য়েংবগী পেনবা নাইদেদা,

কৎচনীংই থব্রায় লৈরাং

নখোঙ খুয়া থম্বালদা।

য়েংউনেসে,

কয়াদা পকচরিবনো

শংলেন - চরৈনা খ্বাংদা থোন,

মচু মচু নীংথিরবা

চুমথাং ইন্নফিনা নমদ ইন

লৈকোলগী লৈরাং কয়াসিনা

ইমাগী নাপগী নাচোম ওই।

তরু তরুবা পাৎকী লাইজ

তয়িং তয়িংবী মীৎসনা থম্বালগুম

নিক নিক চোননা লৈরিবা।

লিরিবা মলয়ানা

কাইদ-কাইদ থৌগললিবী

পলেম নওগী তমপাকথক

ওন্ন থোইনা শান্নজবা

কয়াগী মতিক নুঙাইজবা

চাংদমনিংঙাই লৈতেদা।

অব্রাবনি,

ইমা নওগী নীংথিবসে

লোয়না ঙমন মাঙখরে।

খোঙচৎ পুম্বা তায়োম্না
ওইদুনতা লৈরগদ্রনে
নাকেন থা ।
লৈপালদা মনীংতমনা
লৈশাৎ তমলিবা
মচু মচুগী লৈরাংশিং,
অয়মবা কনাগী তমথীরবা
মিনুংশি য়াওদ্রবা খুৎশাশিংদুনা
কনথৎতুনা চাইথাইদুনা
নুংশি হৈতনা শান্নরি -
ইমা নঙগী তমপাকথক্তা ।
অদুগা
নঙনা ব্রানথ-ব্রানথ
তেংথা নাওইনা খাঙলি মৈচাক
ওন-থোইদুনা ।

কদায়দা চৎখ্রে
হে য়েন্নিংথা
নহাক্কী ঙৌরোক ঙৌবা
হৈখাগী মপাল
পুদুনা লাকলরোইদ্রনে

বাপু মানা য়েল্লমবা

অহিংসাগী পাউজেলদো

চোংলকপদা ঙায়রিবী

শংন নৌবা

শংবান্নবী উনাগা লোয়ননা

অমুক হনজিল্লকনবা

ইমাগী নীংথিরবী

শুমহৎ য়াইবু পুরিবী

অদুঙৈগী মোমোন মিনোকতো ।

## হিংহনম্লু ঐবু

পম্মৌ ইপা সোরারেল
মালেম ইমা পৃথিবী
অনীগী নাউয়োক নাউকোন্দা
চাউরকখিবী ঐহাকনি
মহৌশাগী খৃৎশেমনি
চৎলিবা ঋতুগী খোঙচৎতা
শারেপ ফারকখিবী ঐনি ।

হিংলি ঙসিসু ঐহাক
মীওইবা জাতি অমদি
তাইবঙগী
লেঙলি পাল্লিবশিংগীদমক
অদুগা
করিগী অসুক তাথীরিবা
নখোয়গীদমক হিংলিবা ঐবু ।

ঐগী ফৈরাদা মনীংতমনা
শাৎচবী উরৈশিং

খোঙ্গুমেলৈ কাকলৈ শমজীরৈ
মৈলৈ লৈস্না নুংজুমপাল
শিঙেল চরোং অচুম্বা
কয়াদা ফজপ্রবা
মহৌশাগী লৈতেংনো।
অসিদসু নত্তনা
শংবানবা অতিয়াদা
শাথপ তোয়না
মনীং তম্না পাইরিবা
পোম্বী চেক্লা কয়া কয়াসু
শাইদাংফম লৌরি
পামেল ঐগী ইকাদা।

হিংবগী হক পীয়ু
তাল্লি নখোয়সু দাবী কয়া
নশাগী হক কনজনবগী,
হৌরি
নীংতম্বগী ঈহৌ কয়া কয়া
শেমলি আইন মশীং খণ্ডনা
নঙগী হক্কী
ওইননবা কবচ্চ -কুণ্ডল।

কৎথোকপতনা
ইথৌদাং ওইরবা ঐসিবু
করিগীনো —
অসুক তমথীনা ওৎপী নৈবিরিবা।

য়েংউ, অমুক্তংদি খন্দুনা
জীব পূম্বদগী হেনথোইবা
নখোয়গী ব্রাখল শক্তিনা
লৈতে য়ৌঙমদবা মফম
রুস অমেরিকা -
ইউরোপ, ইংলেন্দ,
পৃথিবীগী কাচিন কোয়াদা,
ফমলুবা ঙমই
নিংথৌ তুরেল তোর্ব্বানদা
য়ৌরুবা ঙমই
ঋষি তরেৎ মশাইগোনদা
ধ্রুবতারাগী মনাক্তসু
অদুগা
করিগী খন্দবগে
অসুক নক্পা
ননাকতা লৈরিবা
নখোয়গীদমক্তা হিংলিবা ঐগীদি ।

হে মীওইবা,
অমুক্তা মুন্না খল্লুনে
করম হিংগনি নখোয়না
উপাল ঐনা লৈত্রবদা ;
খুৎশেমনি ঐদি মহৌশাগী
য়োকপিবনি ঐদি মহৌশানা
মাঙ-তাকহনগনু ঐবু
কল্লু ঐবু লৈননবা নখোয়
হিংহল্লুনে ঐবু হিংননবা নখোয়
থব্রায়নি ঐদি নখোয়গী
পুন্সিনি ঐহাকতি জীবগী ।

কাউগনু, হে মীওইবা
মীকুপ খরগী ওইরসু
নুমীৎ খরগীবু ওইরসু
চহী কয়া কয়া ওইরসু
পুন্সিগী ফিদমদি
লৈমিন্নবনি নুংশি চান্নবা ।

০১/১২/২০১০

# কংলাশা

তৃমিননা
মতমগী কম্মৈ যেংলিবা
ইতিহাসকী ৱারী লীরিবা
নঙোন্দা
তাইনরি মিনুংশি লৈত্ৰবা
হৌন খঙদ্রবশিংদুনা ।
তাইনখি,
কাপখাইদুনা হঞ্জিল হঞ্জিল
তৃমদুনা লৈবিবা নঙোন্দা
খৃৎ হল্লকলবোই মতাগুম।
মখোয় খঙখিদে,
নঙদি ঐখোযগী থৌনানি, লিংজেননি
লমন খুমনবগী মৈচাকনি ।
তশেংনমক,
মখোয় লাম্ব ফংখিদে
খঙবা শুকঙম ঙমখিদে
নঙগী মৈবীদা মখোয
চাকওবখিগনি শেন নবা ওইনা

হনখিগনি মায়থীদুনা
ইকায় ফিরুক খুমদুনা
নুমীৎ তাখিদ্রবা সম্রাজ্য অমা ।

য়েংউ,
ঙসিদি ঐখোয়গী থৌনা
ঐখোয়গী লিংজেল ওইরিবা
কংলাশা
হৌগৎলকলে লেপখৎলকলে
মায়থোং মকা লামনা
মরাই হাইগৎনা
নোংমদোল অতিয়া পকনা ।

২১/১১/২০১০

# আপীল

চৎথরি,

থৌরম পরেং পরেং

ভাষণ মথং মথং

মৈরা পরেং পরেং

ব্লাকৎ মথং মথং

মীয়ামনা তৎতনা

অসুম অসুম।

চৈরকসিদা,

খর'মনা কাঙবু কাঙবু

চুংশিন্নরি মচি মচি

পূল্লি পূল্লপ পূল্লপ,

খন্নরি তূমিন তূমিন

নৈনরি কূপন কূপন

হোৎলি হঞ্জিল হঞ্জিল

ফল তাদ্রবা অঙ্ক।

কৈদৌবগে

লৈবাক মচাশা,

পাঙথোকসি থৌনি লৈবাক্কী

কৎতুনা হৈরাং লৈরাং

নিজসি হায়জসি নোঞ্জসি

পুনেমজসিনে শকউদবা মঙোন্দা,

পুরক্লনবা শান্তি লমদমসিদা

পানবা খুয়া তুশিংনা,

অকি-তুজুং য়াওদনা

য়েখাই থিংগাই লৈতনা

মরা ঈংনা তপনা

অমুক্তংদি

লৈননবা তংদু লৈতানা।

১২/১২/২০১০

## খোঞ্জেল

হে বঁশীধাবী
নঙগী ভক্তি প্রেমদা
ঙাওজবী বাধিকা
অমদি
জগৎ জীববু শুঙ্কৎলিবা
পূক্লীং হূনা নূংশিরবা
বঁশীগী খোঞ্জেলদু
নত্তেনে ঐনা তাবিবা।

হে গীবীধাবী
নঙগী দশর্ণগী
ইখৌ লাংজবী মিবাগী
ভক্তি রসনা থল্লবা
খোইথুন্ন সুবদা
নঙগী নগুন
শকচ-শোনজবগী
নুংশিরবা খোঞ্জেলদুসু
নত্তেনে ঐনা তারিবা।

ঐগী থম্মোয়গী

অথুপ্পা কাচিন্দা

থম্মোয় থম্বাল লকানা

তপ্পা তপ্পা

থম্বাল লৈনা

মথং মথং

হাংদোরকতুনা

শকউদবা নঙবু থিরকপগী

মিরবা খোঞ্জেলনা কৌরকপা

ওইরমালেনে ঐনা তারিবা।

০৬/০১/২০১১

## খুরুম্বা

নত্তে নত্তে মঙোন্দা
নত্তেনে নঙোন্দসু
নত্তে ঐঙোন্দসু,
নত্তে পানগী ওইবা
হকচাং কয়াৎসিদা।
খুবাং চাংজৌ তরানা
লোন্নদুনা খূৎ,
নোল্লিবসে ঙক
ঐ-নঙ-মানা
অমনা অমদা
অনেম অৱাং খায়দ্রবা
অচৌ পীশক নাইদ্রবা
নুংগী মঙাল অদুদনি
মওৎনাইদনা লেঙদ্রবা।

২৬।১২।২০১০

## অনীগী লংদাইদা

চৎথ্রসনু অরা মীকুপ
লাকলসনু য়াইফ পুংজা
অরি-অনৌ লংদাইসিদা।
হে অরিবা,
নঙনা চৎখিবা মীকুপসিদা
পীরমলি চৈনা
নিংঙমহৌদবগী
শেৎন - খাইনবগী
শীল্হরি কাইন পিরাং,
নঙগী মীৎলু নাপোমসু
ঈহৌরি
তরং লাইজ ঈরিক।
অমুক লাকপা
অমুক চৎখিবা
মসিনি
খোঙচৎ পুন্সিগী
লৈখিগনি অসুম
উরু উরু লৈদুনা
মতমগী কাংখোং চক্রদা।

হে অনৌবা,
নঙনা খোঙদোইহল্লকপদা
হৌরক্কনি
নুংঙাই ঈথক
য়ৈরগনি ইপোমনা
থম্মোয়গী ভোর্ব্বানদা,
শাগৎলক্কনি জগোয়
লৈনা লৈনা
হরাও মথোই কানা,
লৈতেংগনি
থাউমৈ পরেং পরেং
চাইবদনা মনম নুংশিববা
লৈ চন্দন
ওর[illegible]বা
[illegible] ওবামগা
শেংদোকতুনা
পক্লা, বাখল, লৃ তোং
অমদি
অকোয়বগী অমোৎ-অকাই
লৈননবা নঙনা
তরু তরু, হরাও হরাও

মকালামনা চনীং তানা

অব্রা-অনং য়াওদনা ।

অদুবু

অনীগী লংদাই মীকুপসিদা

কপকদরা নোক্কদরা !

হায়ফম খঙদ্রে ঐ ।

২৩।১২।২০১০

# শকলোন

পুন্সি,

নত্তবরনে নহাকসিবু

চাউববা ব্রাহং অমা

করিগুম্বা ওইরবা ব্রাহং

চৎলগদরা অসুম পাউখুম ফংদনা।

পুন্সি,

ওইদবরনে নহাকসিবু

লুববা পাউখোং

ওইরবদি নঙনা পাউখোং

লোইরগদবা অসুম ফোঙঙমদনা।

পুন্সি,

নহাকসিবু নত্তবরনে

অচৌবা মৈরী অমা

নঙগী মৈরীনুংদা চাকথেকহল্লি

কয়া'মনা মৈরানবী ওইনা।

পুন্সি,

নঙদি মঙলাননি

কনা'মনা মঙফাওনবি নুঙাই মঙলান

অদুগা কনা'মনা মঙলাকনবি

অকি তুজুং মঙলানদা।

পুন্সি,

নহাকসে অমৃতগী মশকসুনি

থকলি নহাক্কী খোইথুম্ন মহাও

খুজোক থননা মবুক পেননা

সাধু - সন্ত কযা কযানা।

হে পুন্সি!

নহাকতি শকলোন পুবনি

অথুপ্পা নঙগী শকলোন

অশেংবা পুন্সিগী শকতম

ওইজগে খঙবা ঙমজবা।

# অঙাঙবা ঈফুৎ

ঙসি ঐগী কলমদা
ফাওবকই ঈগী ঈফুৎ
কদোমদগীনো খঙদে
মসিগী হৌবকফম
কনথোকতুনা হোৎনৈ
লোইখিনবা ঈফুৎসি
কনথোকলিমখৈ
হেনগৎলকই
অসুম অসুম
চাউখৎলকপা
ঈফুৎকী ঈবী
থিংবা ঙমদে
পৃমঙাঙ ঙাঙলে
চেবাং থকসে।

লাকনৈ চামথোকতুনা
কোকখিনবা
চামথোকলি খৃদিং
হেন্না হেন্না ঙাঙশিল্লকই

পুমঙাঙ ঙাঙশ্রে
লোইনমক
লৈহৌদ্রে,
অঙৌবা মচেৎ অমত্তসু
অদুদগী ওইরকই
শীস্থরিবা পিরাংসু
ঈথেংগী পিরাং
কৈদৌঙৈ খকখিগনি
অঙাঙবা ঈফুৎসে
ঙাইখিবা তারিব্রা
লুপামহীগী ঈফুৎ
চামথোকনবা অঙাঙবা মচুসি।

১৩/০১/২০১১

# কনাদা তাইনরুনি

হে অঙাঙবা মচু
নঙবু ঐনা
ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা
অসুক্কী মতিক নুংশিজৈ
লেপত্রিবা মথে
নহাক্কী ঈচেল্লনা
লেঙ ওৎলি
তাইবঙ জীবনা
লেপখ্রবদা নঙগী ঈচেল
লেপখিগনি খোঙচৎ
লেঙলি পাল্লি পুম্বগী।

মীওইবদা মীওইবা য়াওরকত্রবা
হোংলকলিবা মতমগী খোঙজেলসিদা
নঙনা মফম খঙদনা
লৈমায়থক্তা পুমচাই চাই
উফুলথক্তা খোঙনেৎনবা
থাংঙমদে থম্মোয়সে
অসুক্কী মতিক খোইরাঙই।

অদুবু

ফুল্লবা চরমসিনা

ঙমখিদে থোকহনবা

খোম্থোক অমত্তসু

খাঙবা তাখি

থক-থক নীকতুনা

য়া ক্রক-ক্রক চীকতুনা

লৈখিদে উপাই

শীন্থবা নত্তনা মীৎলু পিরাং।

কনাদা তাইনরুনি,

কনাদা ব্রাকৎলুনি

কনাদা তমলুনি

বাকৎফম, তাইনফম

পাউদমফম, ফোঙদোকফম

লৈত্রবা লমদমসিদা।

১৩/০১/২০১১

## পূম্নমক্কীনি নঙদি

নঙগী মরমগীনি
ঐনা অসুক ব্বারিবসে
নঙতগী ইথৌনা
চৎখিবনি ঐনা
মফম মফম খৃদিংদা
পোখাবা লৈতনা।

নঙবু থিবদা
পল্লেপফম খঙদনা
হৌখিবনি পুস্সিগী
তাঙ্কক কয়া কয়া
অব্রাবা কোঙ্গাই মায়োকনা।
ইনখিবনি
নতুং কোইয়িন কোইয়িন
নঙতবু পামজবা থম্মোয়সিনা
তৃম্বা চাবা খঙদনা
অঙাওবগী মতৌগুম।

খনখিদে কনাগীসু
ইমা-ইপা, ইচিল ইনাও

ইরি-ইতা

লৈনখিদে মরী কনাগসু।

নিংশিংলুদে নোংমতা কনাবুসু।

পুখিবনি

নঙগী অঙাওবা নোংলৈনা

হুমদুনা ঐবু

কোইপু কোইপু

মায়কৈ শলাই খঙদনা ।

হেল্লি

নঙতনা পুম্নমক্তগী পুমহেন

নঙগী মায়াদা

পুমশুম শুমহৎখিবনি ঐ।

থাদোকখিবনি

পূম্নমক নঙতগী ৱাখলদা

নহাক য়াওদবা পুন্সি মহিং

খল্লুবা ঙমদে ঐ।

অদুবু

হৌজীক ঐহাক

ঙমলকত্রে লেঙ-ওৎপা

পাঙ্গল থৌনা য়াওরকত্রে।

ঙসিদি
নঙতবু লাইনিং ওইজবা
নঙোন্দা ঙাওজবা ঐসে
হনখিবা তারে
নহাক য়াওদনা
ইথম্নত
ইদোম লাকপা লম্বীদুদা।

অদুগা
লৈহৌরগনি নঙদি
নিংঙাইদনা অমগা অমুক
হরাও তয়ামনা অমগা অমুক
কয়াদ ঙকখ্রবা নঙগী নতৌসে।

অসুমনা
নঙসে থম্মোয় পান্দবীনি
হায়বসে খনখিদে ঐ,
নঙগী মিহৌলাংদা থুখিবনা।
খন্থবা ঙমখিদে,
নঙসে
নাপলগী হৌরকফমনি
হিংসাগী মরমনি

অদুগা কনাগুম্বগীনা
চাউরবা পোৎলূমনি।

হে পৈশা
নঙদি নত্তে ইথন্নতগী
নত্তেনে ইথন্তগী
পূম্নমক্কীনি নঙদি পূম্নমক্কী।

২৮।০৮।২০১০

# কদোমদনো

অঙাং ওইরিঙৈ মশান্না

ঐখোয়না তত্তনা শান্নবা

নিংশিংলকই ঙসি নৌহৌননা

ইপিজা অমা ময়ায়দা থম

কোয়শিল্লদুনা ঐখোয় ময়ামনা

খৃৎশমননা ইকোয় কোয়

অসুমনা হায়র হায়রদুনা

অওক অথোং :

ক্কাক ক্কাক কবি ক্কাকনো

\- ময়াং ক্কাকনি।

চাক চখোম'মতা চাগে

\- চাফদে।

ঈশিং খুয়া'মতা থককে

\- থকফদে।

শোমদা চৎকে

\- য়াদে।

অশোমদা চৎকে

\- চৎফদে।

হোৎনৈ মপানদা চেপ্পোকনবা

কোইচেন চেন্দুনা
মনুংদা লৈবা ইপাংদুনা।

চীংলোন মাপননা কোয়শিনবা
লমদমসিগী মীওইবা
কদোমদনো ঐখোয়গী লাইবকসে ।
ওইরেদো ঙসিদি
ঈশাইফূগী লেমলৈঙা
চফূনুংগী,
লাইজ খুয়া খরদা
লেল্লিবা
পুন্সি মহিং মরেল
হিংননবগীদমক্তা
অঙম অঙম শেৎনরি
হাইদৎনদুনা
মশাইগুপ মচি মমৈনা ।

করি নোংদম কৌবগে
অসুক থীনা তমলমবা !
খাগী লম্বীসু চৎফদে
ব্রাংগী লম্বেলসু ফাওফদে

মনীং-মমাং থৎলিদো
কদোমদনো চৎকদবা ?

হে লেপনাইদ্রবা ঈচেল
লেপখোনে নঙসু ঙাইহাকতং
তাবীখোনে ঐখোয়গী ব্রাকৎ
নঙদি লেপনাইদনা
মায়কৈ থুংনা চৎপনি,
তমবিরুনে মালেম শীনথুংনা
ঐখোয়গী অব্রাবা ইপাউসে।

হে শহুম নাইবা মালংবা
পুবিখোনে ঐখোয়গী ইপাউসে
নঙগী শাফু কল্লবা
লাকঙম ফাঙমদ্রবা নোংলৈনা
য়ৌহনবিখোনে
চীংলোন ব্রাংম লাননা
শন্দোকপিখোনে
তাইবঙ শীনথুংনা
ঐখোয়না করম লেল্লিবা ।

১০।১১।২০১০

## পল

শিন্নরুগনু মচীন থৌরবা
ব্রাহৈগী তেনজৈ
শরূ পানদ্রবা
লৈতোনদুদা,
কাপথোকখিগনি
লীরী চন্দুনা তেংগা থোংলগা
য়ুংলুগনি
কনা কনাগুম্বগী
থোংলবা থম্মোয়দা ।
পীরুগনি
অহকপা চৈথেং,
হৌরক্কনি হূগী ঈথক
চৈথেং চৈনা অদুদগী
নীকলক্কনি থক-থক
নুং-পান ফাওনা
অকনবা য়ুহার অমগুম ।

চেন্থরক্কনি

শোকলবা থম্মোয়নুংদুদগী

মৈ হৌরবা লাভাগী

শাফু কল্লবা ঈচেল ওইনা।

অদুগা

চাকথেকথিগনি

নুংশি চান্নবগী মরী

য়েলহৌঙৌদগী লৈরকলবা,

মদুগী তাঙ্গোয়না

ওইরক্কনি চাওরবা পল অমা

ঈংথরকলবা লাভাদুগী।

২৬।১২।২০১০

## কায়ন পিরাং

শেংলি লৈখোং নুংশিনা
লৈরাংবু নুংশিজবা মাল্লি
ঈশিং চাইর-চাইরদুনা,
লৈখোং শোমল-শোমলদুনা
শারেপ কাংদোং ফারকনবা।
কুপশেন শেল্লি,
থব্রায় য়াওনা
কদায়দা করি শোয়খিগনি।

মীকুপনা খোঙকাপ তোয়খিবা
লৈপালসু শারেপ ফারকই।
মোমোন মোমোন নোকচৈ
য়েংজৈ পেননা নুংশিনা
পুকচেল তপ্পা মাল্লিদো
লৈরাংনা পোমশাংনরকপা
মালং তাম্থা ঈরোইননা
নোম নোম জগোয় শারকপা।

লৈরাংগী
নীংথিজবা মতৌ উবদা

মথব্রায় ব্রাজৈ
পুকচেল তপ্পা মালি
লৈরাংনা লৈকা ফম্না
লৈশাৎ তমদ্রিঙৈ
লাকলগদ্রা
লৌনম চাউবা খোইমু কনা
পোমশাৎনবী মাগী
নাপদা চিরোল তৌননবা।

অমুকসু মিপাইজৈ
লৈখোং শেনজবা মালি
লাকলরোইদরা
লৈরাংবা কনা
শিঙেল মাবু হেকলগা
লৈরাং নাপদা চিননবা।

নোংমগী কোরৌ অমদা
মপুগী খুৎশেম তুংইন্না
মালিনা থৌরাংনা ঙাইজবা
লাক্লে লাক্লে লৈরাংবী

হেকলরে

শিঙেল মাগী নিংথিবী

লৈরাং মাগী ফজবী

চেকশিননা লুনা থমজবা।

অৱা-নুংঙাই মীকুপতুদা

শীন্থহৌই কায়ন পিরাং

লৈখোং শেনজবা মালিদো।

২১।০১।২০১১

## মৌনি

ঙসি থাশিনী
নিংথৌকাবা নুমীৎনি
মৌনিনি।
হকচাং শেংদোকতুনা
ঈরু-মায়থজরগা
তুলসী মচুম থকতুনা
লাইতিন খুরুমদ্রিবা মখে
ব্রা ঙাঙবা যাদে,
মসিনা
চৎনবিনী খ্বাইগী ।
অদুনা
অচুম্বা হায়দোকপা,
অশেংবা ফোঙদোকপা
যাদ্রবা মতম অসিদদি
ওইদুনতা লৈবগদ্রা মৌনি
কৈদৌঙেনো
তৌগদবা মৌনি স্নান ?



ꯃꯥꯂꯪꯒꯤ ꯃꯤꯅꯣꯛ
মালংগী মীনোক

